# নিঙোল-লক্তগী অথোয়বী

## (ঈশৈ)

-অইবা

ৱাইখোম মংলেম




Ningollaktagee Athoibi
(A Collection of Hundred Manipuri Songs
by Waikhom Manglem)

অফোঙবী : ৱাইখোম ওংবী মেলেম মনিলৈমা দেবী

খুৎনম : অহানবা, ২০০৬ ইং (হিয়াঙ্গৈ)

কোপী : ১০০০ (লীশিং অমা)

হক : অইবগী

মখুম : এ. আই. আর. রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

মমল : লুপা ১৬০/

নম্ফম : সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্ক্স,
পোলোগ্রাউণ্ড রোড, ইম্ফাল

ফংফম : অইবগী য়ুম

ময়াগী ওইবা তাইবং মালেমদা

ঐখোয় খ্বাইবু পোকপিরম্বী, পোকপিরম্বা

নুংশিজরবা পলেম পম্বৌগী মফমদা

খুরুমজরি নচানা ইকোক লোনা।

পুন্সিদা অম্বাবতা শরুক ওইদুনা

নুংঙাইবা করিনো খঙখিদ্রবী, খঙখিদ্রবা

শ্রী ব্রাইখোম বাবু সিংহ (পাবুং) অমদি

ব্রাইখোম ওংবী লাইশ্রম নিঙোল তাবাবী দেবী (পলেম)

অনীগী মফমদা কৎচরি নচানা

হৈত-হৈত ইজখিবা ঈশৈগী লাইরিক

"নিঙোল-লক্কুগী অথোয়বী"

নচা

মংলেম

# ব্রাহৈ খরদং

ঐ তশেংনা অইবা অমদি নত্তে অদুবু ইবদি য়াম্না পামজবা মীশক অমদি ওইরকখি। অহাংবা মতম খরা ফংবদা করিগুম্বা খরা ইদুনা শান্নবা ঐগী হৈনবী ওইরকই। শৈরেং, ঈশৈ অমদি মতম মতমগী ওইবা ইশু কয়াদা ঐগীসু অনিংবা-অপাম্বা খরা হৈত-হৈত ইদুনা লোকেল পেপরদা হাপচৈ। মরুপ মপাং কয়াগী মত মতুং ইন্না ঐগী অইবা ঈশৈ ময়েক কয়াদু এ আই আর ইম্ফালদা থাগৎতুনা ইং, ১৯৯৪ দা রেদিওগী অইবা অমা ওইনা এপ্রুভ তৌবীদুনা এ আই আরগী অইবা ওইজরি।

মখা তারকপদা ঈশৈগী কেসেট ওইনা অহানবা অমদি অনীশুবা ওইনা "নিংথিরবা লৈকোলসিদা" অমদি "খোঙ্গুল অমুক তাররোই" হায়না মিংথোনবা কেসেট অনীখক পুথোকখি।

মতুং তারকদা ঐগা য়াম্না লুনা তিন্নজবা মরুপ মুতুবা তোম্বা অমদি বিরেন সোরোকখাইবমনা কন্না হায়মনবদগী ঐগী অইবা ময়েক কয়াদু অহানবা ওইনা "ঐগী খুঙ্গং ঐগী পোক্লফম" হায়না মিংথোনবা লাইরিক ওইনা ইং, ২০০৪ দা পুথোকখি। হন্দকসু অনীরক শুবা ওইনা "নিঙোল-লক্তগী অথোয়বী" হায়না মিংথোঙবা লাইরিক অমসু ইং, ২০০৬ গী ওইনা পুথোকচরি।

লাইরিক অসিদা ইরিবা বনান খুদিংমক ঈশৈগী শুরগী মওংদা ইখিবনি। কনাগুম্বনা লাইরিক অসিবু পাবীবা মীওইনা বনান লাল্লে হায়না খল্লম্বা য়াই।

ঐনা হৈত-হৈত ইজরিবা ঈশৈ খুদিংমক শৈশকপা, শৈশকপী ইচিন ইনাউ, ইচে ইচল খ্বাই খিবিক্লা নিংথিনা লৈতেংলবা নুংশিবা শুরদা শকপীদুনা ইজরিবা ঈশৈগী থব্রায় হাপ্লীরবদি লাইরিক অসি ফোঙজবগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি।

লোইননা ঐনা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবী ঐগী লোইনবী ব্রাইখোম ওংবী মনিলৈমা দেবী অমদি ঐগী মরুপ মপাং খ্বাই খিবিকপু শিংঙল্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে লোইননা ইকায় খুম্নবসু উৎচরি।

অইবা

# য়াওফম

## মৈতৈ চনুরা অতাংবী

মৈতৈ চনুরা অতাংবী
নিঙোল লক্তগী অথোয়বী,
লিংজেল হাক্লা খামল্লী
নুংশিরবা থবায়বু তেমশিংনবা ॥

পৃথিবীগী মফম অমদা
নঙগুম্বী চনুরা লৈরমখিদরা,
কোয়না থিদুনসু লৈরম্লোই
নঙগুম্বী চনুরা মালেমদা ॥

ঈশ্বরনা নঙবু থারকপরা
ঐখোয় থ্বাইবু কম্বীনবা,
নঙগী থৌনা নরিংজেন
খল্লুবদা ভূজুংবা পোকই ॥

## চনুরা লক্তগী অথোয়বী

চনুরা লক্তগী অথোয়বী
মণিপুর ইমাগী মমোল্লোই,
নঙগুন্বী মমোমদি অতাংবীনি
মালেমদা অনী শুরল্লোই।।

নুংশিরবা থৱায়বু তেমশিংনা
মথোৎ কারকপা পুন্সিবু তুংওইনা,
লেল্লিবা পুন্সি কনাগী নত্তে
ঐখোয় খ্বাইগী য়াইফনবনি।।

হন্বা লৈতনা চঙশিল্লীবা খোংজং
মালেমগী মীয়াম্মা ঙক্লা থোক্লি,
লৈহৌরনি মালেমসিদা নঙগী ৱারী
তাইবং মালেমসিনা লৈরিমখৈ।।

## থৌনা লৈমল্লী লিংজেন খামল্লী

থৌনা লৈমল্লী লিংজেন খামল্লী
নুংশিরবা থল্লায়বু তেমশিংনবদি নঙনা,
দিমোক্রেটিক ওইবা নঙগী খোংজং
তমজনিঙাইনি তুংগী মীরোলশিংনা ।।

মৈতৈ চনু ইরোম শর্মিলা,
মথোৎ কারকপা পুন্সিবু তেমশিংনা
লেল্লিবা পুন্সি লনাইগী নত্তে ।।

মাগুন্বী মমোমদি অতাংবীনি মালেমদা
কোয়না চৎতুনা থিরবসু ফংলরোই,
ফিভম শোক্লবা শক্তম উরুবদা
শিন্থখিবা খঙহৌদে মিৎলুগী পিরাং ।।

## ঙরাংতনি মাগা উনখিবা

ঙরাংতনি মাগা উনখিবা
নুংশি ৱারী শান্নখিবা,
উনিংবনা খোয়রাংলে ঙসিদি
চেংলৌ শক্তমদো নুংশিবগী ॥

করি যাদুবু তৌখ্রবনো
ঐবু অশুক ঙাওহল্লিবা,
নুংশিবা মাগী ৱাখন্দা
পুন্সি শিন্থাসু কাওরুরে ॥

মাসু ঐগুম্না ঙাওরমগদরা
ঐবু উদবা মীকুপ্তা,
নুংশিবা হায়বসিবু অসিরা
উদ্রগা নৈফম খঙদ্রিবা ॥

## পুন্সিগী ওইনা কায়খ্রবী

পুন্সিগী ওইনা কায়খ্রবী
নঙবু করম কাওরসিগে,
তাক্লুম্মু উপায় অমত্তদি
নঙবু কাওবা ঙম্লবা ।।

অশুম্মা কায়নগনি থাজরুদে
লৈনখিবা নুংশি মরীদো,
খাম্বা য়াদনা নঙনা কপখিবা
করম্না কাওরসিগে ঐনা ।।

নুংঙাইনা লৈয়ুকো নঙদি
পলেম পশৌনা পামজবদা,
নঙগী নুংঙাইবা উরগা
ঐগী থম্মোয় পেঞ্জগে ।।

## থাজদনা কায়নখ্রবী নঙবু

থাজদনা কায়নখ্রবী নঙবু
কাওগে ঙমদে নীংশিংদুনা লৈরে,
হায়রম্বদাই নঙনা উদ্রদি লৈঙমদে
তোয়না উনসি তোয়না লাকউ ।।

কল্লবা নোংলৈগী শাফুদা
লৈরাংনা লৈখোক্তগী কেনখিবা,
থব্রায়গী চান্নবীসু কায়নখ্রে
পল্লৌগী কল্লবা চৈরাক্তা ।।

কাওরম্লনি নঙদি নীংশিংলম্লরোই
অনৌবা পুক্সিগী নুংঙাইবা ব্রাখন্দা,
খাঙঙমদ্রবা নুংশি মৈচাক্তি
খাঙলি থম্মোয়নুংদা ঙসিসু ।।

# শিংলিবা নুংশিংকী ইপোম্লক্তা

শিংলিবা নুংশিংকী ইপোম্লক্তা
পাইদুনা শান্নরিবা চেক্লাচা,
পাইনিংই ঐসু নখোয়গুম
ইনিং তম্না অতিয়াদা॥

পাইনিংবা মফমদা পাইদুনা
মালেমগী ফজবা য়েংনিংই,
পামেল উপালদা কাইদোংদুনা
হৈরাং পেন্না চাজনিংই॥

লোইরোই তাবা চীংমাইদা
মনিং তম্না চেন্থরিবা,
লোক্কী লাইজ ইরোন্নুংদা
লেমলৈ ঙাগুম শান্নজনিংই॥

## নুংশিজরুরে ঐনা কনাগুম্বী অমা

নুংশিজরুরে ঐনা কনাগুম্বী অমা
হায়জবদি ঙমজদে নুংশি ব্বাহৈ,
য়েংজনিংবা মাগী চেংলৌ শক্তম
উজরগা পেঙবা ঐগী থম্মোয়নি ।।

ঐগীসু নংত্রিবা লল্লাম্বী মাবু
করিগী ঐনা অশুক খম্বল্লীবা,
অতোপ্পা পাখংগা চৎমিন্নবা উরগা
করিগী ঐনা ব্বারৌরিবা মঙোন্দা ।।

মোমোন নোক্তুনা হায়ফেংতং য়েংলম্বা
কয়াদা পেঙবা ঐগী থম্মোয়,
ফোঙদোকহৌদনা কায়নখিবা তারবা
থম্মোয়দা খাঙহৌরনি নুংশি মৈচাক।।

## সনারৈ মেরা থাগী সনারৈ

সনারৈ মেরা থাগী সনারৈ
লৈশাৎ তল্লরে মেরা থানা লাকগ
দুকান খুদিংগী লৈতেং ওইদুনা
লক্ষ্মী ইমাগী পুজা য়াওররে।।

লাক্লে লাক্লে হিয়াঙ্গৈ থাজসু
মেরা থাগী তুংওইননা,
শাগৈ নিঙোল কয়াসু
হরাও মীনোক তল্লরে
নিঙোল চাক্কৌবগী ইরাংদা।।

মবুং মৌপ্পা কয়াসু
অরৈ লৈত থিদনা,
মচে মচল কয়াগী
দক্ষিনা থৌরাং তৌনরি।।

## ঐগী নুংশিববু নঙনা

ঐগী নুংশিববু নঙনা
করিগী অদুক মীরায়রিবা,
থম্মোয় শেংনা নুংশিবনি
পুন্সিগী ওইগে খল্লুবনি ।।

মীনমদুনা চংখিবনি নঙনা
নুংঙাই য়াইফবা য়েংলগা,
ইরালদি শিরমগনু ঐঙোন্দা
লাঞ্জদ্রবা ঐগী থম্মোয়দা ।।

নঙগী পুন্সিনা নুংঙাইবদো
ঐসু অমুক্তা য়েংজগে,
নুংঙাইনা লৈয়ুকো চান্নবী
পীরমগে ঐসু য়াইফ মঙ্গল ।।

## কিজৈ ঐদি কিজৈনে

কিজৈ ঐদি কিজৈনে
হৌজিক কানগী পাখংশিংসে,
লৈশাবী অমবু থেংনরবা
নুংশি হেক্তা হায়গল্লী।।

খঙনবা ইকুই কুইদ্রিঙৈদা
কোয়রুসি হেক্তা হায়রকই,
অচিকপা মফম থিদুনা
রেষ্টুরেন্স চঙশি থেন্নকই।।

ফোন তোইনা তৌরকই
ৱারেম ৱাকোই শুরকই,
লাইরিক পাব য়াহন্দে
পূক্রিং ৱাখল চরাংহল্লী।।

## অচিকপা মফমদা ইদোম ফমদুনা

অচিকপা মফমদা ইদোম ফমদুনা
ইখিবা ময়েক্লি ঈশৈ ওইনা শক্লিবা,
থেংনখিবা মীকুপ্তা থম্মোয়দা ফাওখিবা
নঙদি খঙলম্লোই ঐগী নুংশিবদো ॥

মরৌ লৈনা য়েংলম্বা মীৎয়েংদা
ঐগী থম্মোয়না কয়াদা ঙাওখিবা,
ফোঙদোকপা ঙমদ্রবসু ঐগী নুংশিবা
থম্মোয়নুংদা লাৎলিবনি নঙগী শক্তম ॥

অঙৌবা চেবাংদা কয়ারক
পৃক্লিংগী ওইবা ৱাহৈ কয়া,
লাকখিবনি ঐসু তোয়না ননাক্তা
হায়নিংবা কয়াসে হায়রমগে খন্না ॥

## থম্মোয় লকা ইথক হৌরে

থম্মোয় লকা ইথক হৌরে
ঐগী পৃক্নিং মকা লাপ্লে,
নুংশিবা মাগী নুংশি বাহৈ
নীংশিংদুনা লৈরে কাওবা ঙমদরে।।

মখূৎমক্লা ইরকপা নুংশি চিঠি
পাবগী পেন্দে পাদুনতা লৈনিংই,
য়েংজনিংবা মাগী চেংলৌ শক্তম
য়েংদুনতা লৈনিংই মীফম হোংনিংদে।।

করম্বা মাগী শুমহৎয়াইনো
ঐগী থম্মোয়বু অসুক ঙাওহল্লীবা,
হায়য়ু লৈকোনগী লৈরাং নখোয়সু
ঐগুম্না ঙাওদবরা খোইমুগী চিরোলদো।

## হৌজিক কানগী পাখংশিং

হৌজিক কানগী পাখংশিং
ঐদি য়াম্না কিজেনে,
মোইথেম তৌবনা হৈরিবা
লমচৎ ফবনা শারিবা।।

থবক ফবনা শারিবা
মতৌনা কয়াম মাল্লিবা,
মরী মখোং থিরুরগনা
নিশা চাব ওইরম্মী।।

মাই ঐদি তল্লীনে
নিশা চাবগা নুংশিনবা,
লাইর মচা ওইরবসু
লমচৎ শাজৎ ফজরবা
থম্মোয়সে কখোক্কে ঙাইরিবনি।।

## ইনাক্তা লৈরিঙৎ মীরায়রুবা

ইনাক্তা লৈরিঙৎ মীরায়রুবা
তাম্নরগা হেল্লক্লে নুংশিবা,
অশুম লৈহন্নিংই ইনাক্তা
লেংদ্রবা পামেলগী মতৌগুম।।

পূক্লিংসে লৈতাফম খঙদেনে
নঙবু উদবা মীকুপ্তা,
কয়াদা ব্রানা খাঙখিবা
নহাক য়াওদ্রবা পুন্সিনা।।

নঙগী মায়গৈ য়েংবদা
ইকায় শঙ্গোয় হাংলবীনি,
লানখিবা ইরাল কয়াগী
ইদোম থম্মোয়দা ব্রারৌজে।।

## নোংদোনগী থাজনা ইকায়জবী

নোংদোনগী থাজনা ইকায়জবী
নঙগী মায়থোংনি য়েংজনিংবা,
শুমহৎ হৈরবী মীনোক্নি
থম্মোয়বু হরিবা মীৎয়েংনি ।।

তম্নাগী খোঞ্জেনগুম মেংলবী
নঙগী খোঞ্জেন্নি তাজনিংবা,
মীকুপ অমসু লৈঙমদে
নঙবু উদবা মতমদা ।।

করম্বা নুংশিগী যাদুনো
ঐবু অশুক ঙাওহল্লীবা,
মীকুপ খুদিং নীংশিংলকই
নঙতবু উনিংবনা খোয়রাংই ।।

## ঐগী চান্নবী নওনা

ঐগী চান্নবী নওনা
তশেংনমক লেপ্লবা ঐগীদমক,
লেপ্লগে ঐসু লেংদ্রবা পামেলগুম
ন্নাশক্তুনা হায়রি নফমদা।।

লৌনম চিরোল হৈজদে
হায়রিবা খুদিংমক অশেংবনি,
ইনদ্রিবা অঙৌবা চেনাগুম
শেংলবা থম্মোয়নি মক্তুবা।।

খল্লুদে নোংমতসু মীনমগে
পূকচেল তিংনা নুংশিবনা,
নওবু উদবা মীকুপ্তা
লৈতাফম খঙদে ন্নাখলসু।।

## ইমা নুংশিরবী ইমা

ইমা নুংশিরবী ইমা
নচানা কৌরিবা তাদবরনে,
ইহাং হাংলেনে য়ূমসে
ইমানা চৎথ্রবা মতুংদা।।

অৱাবা কোঙ্গায় মায়োক্লখ্রবী
নুংঙাইবা শরুক ফংখিদ্রবীনি,
কাওঙমদ্রবা থৌদোক কয়ানা
ইমাবু তত্তনা নীংশিংলকই।।

ইমাগী থৌজাল্তনা মহেল্লী
নচাগী সেবাতনা ৱাথ্রবনি,
শোয়খিবা লানখিবা য়াওরবসু
পংলবা নচানি ঙাকপীয়ুকো।।

## হৌখ্রবা পুন্সিবু নীংশিংলগা

হৌখ্রবা পুন্সিবু নীংশিংলগা
শিন্থখিবা খঙহৌদে মিৎলুগী পিরাং,
পলেম ইমা পূকফবীদো
থোয়না হেন্না নুংশিরকই।।

মীমান্নদ্রবী পলেম ইমানা
কয়াদা ঝাবীখিবা মচা ঐখোয়গী,
শিংবা ঙল্লরোই পুন্সিদা
ইমাগী খোল্লাং লমন।।

তাকপিরম্বা পাউতাক কয়া
ঙসিসু কাওদে নীংশিংলি,
ইমানা পামজরম্বা কয়াবু
নচান্না পাংথোকচবা ঙমজগে।।

## থম্মোয় মৈশা লাংনবা

থম্মোয় মৈশা লাংনবা
করিগী নুংশিবা কাইহৌরল্লী,
পূকচেল মাগী খঙলুদবনা
কয়াদা নুংশিরুবা ঐনা।।

মিৎলুদা পিরাং কংদনা
খাঙলিবা মৈশানী থম্মোয়দা,
নুংশিবা নঙগী নশুংলাং
মীনোক মৈশা খাঙখিবনি।।

কাওগে ঙমদে নহাকপু
মীকুপ খুদিং নীংশিংলকই,
নঙনা পিরম্বা খুদোলসিনা
থোয়না হেন্না রাহল্লে ঐবু।।

## নুংশিরবসু ঐনা নঙবু

নুংশিরবসু ঐনা নঙবু
নুংশি হায়জবা ঙমজদে,
লোন্না নঙবু য়েংজরগা
পূক্লিংগী পোখাফম ওইরিবনি।।

ফোঙদোক্না থম্মোয়নুংদা নুংশিবা
নঙনদি করিসু খঙলপ্লোই,
নোংমতং নঙবু উদবদা
পূক্লিংদা কয়াম লাংতক্লবা।।

ফোঙদোক্কে থন্না কয়ারক
ননাক্তা ঐনা লাকখিবনি,
ইমাঙদা নঙনা লেপ্লবদা
করিসু হায়জবা ঙমজখিদে।।

## ঐনা নঙবু নুংশিবা

ঐনা নঙবু নুংশিবা
থম্মোয় শেংনা নুংশিবনি,
লৌনম চিরোল হৈত্রবী
শেংলবা ঐগী থম্মোয়নি ।।

নঙতবু লাইনিং ওইজবী
নঙগী ঝাথন্দা ঙাওজবিনি,
লৈজদে ঐগীদি অতোপ্পা
থম্মোয়গী ওইবা নুংশিবা ।।

লৈরাং খুদিংদা চিরোল তৌবা
খোইমুগী লিচৎতি পামজদে,
নোংদোনগী লাইজদা ঙাওজবা
নোংইন চেক্লাগুম ওইবীয়ু ।।

## য়েংজনিংবা নওগী মায়থোং

য়েংজনিংবা নওগী মায়থোং
শন্নাংনা করিগী খুমজল্লীবা,
হায়য়ু নুজা শকহেন্বী
থম্মোয়গী অরেপ্পা লৈপ্রবীরা॥

লৈরাং খুদিং ঙংলিবা
খোইমুগী পূকচেল নত্তেনে,
অরেপ্পা অমত্তা হায়রম্মু
পুক্সিসে নওগীদমক লেপ্লগে॥

কনাগী মমি তাদ্রিবা
হাংলবা থম্মোয়নি ঐগী,
মীনম শোরি হৈজদে
পূকচেল তিংনা নুংশিনসি॥

## মতৌ মান্দনা নঙদি

মতৌ মান্দনা নঙদি
ওস্থোক্লসু থম্মোয় কল্লল্লে,
চীনবান্দনা নুংশিবা শারগা
থম্মোয়দদি মরৌ লৈরল্লে।।

করম্বা ইরালগী দন্দিনো
নঙনা ঐঙোন্দা পিরম্লীবা,
থম্মোয় হাক্লা কনমল্লী
নুংশি লৌনম তৌরম্বদি।।

মহৌশাগুম উন্নবা লাক্লগা
নঙনা নাথৈদুনা লৈখিবদি
লাপথোক্কে থম্বা নৎত্রো,
থঙই ঐসু নতৌদা
অহেম্বতা পাম্বী নহাক্লি।।

## থম্মোয়দা ফাওরিবা নুংশি ইহুল

থম্মোয়দা ফাওরিবা নুংশি ইহুল
কনাগী নত্তে নুংশিবা নঙগীনি,
নুংশিবসে করিগুম্বা উবা ফংলম্লবা
খঙলমগনি নঙসু কয়াম ঐনা নুংশিবা ।।

নঙগী থম্মোয়না কয়াম চিংনরিবা
ঐসু খঙই থম্মোয় পাল্লি,
থাঙাং খুদিং কোচি থাংবা
মরৌ লৈবা নঙগী থাঙাংদো ।।

থম্মোয়নুংদা লাৎলিবা নুংশি শক্তম
কনাগী নত্তে নুংশিবা নঙগীনি,
করিগুম্বা নঙনা মীরায়রবা ঐবু
নুংশি পাপ্তি লংজনিকো ঐগী ।।

## মতৌদি ইমান মান্দনা

মতৌদি ইমান মান্দনা
থম্মোয় ওম্থোক্লা কল্লম্লে,
চীম্বান্দা নুংশি শারগা
পূক্লিংদনা অমা খল্লম্লে।।

লাঙ্দ্রবা ঐগী ইফমদা
ইরাল কয়া শিরিবদি
অরোলবা নুংশিবা থল্লবরা,
লাপথোক্কে খল্লবসু নঙনা
ইরালদি শিরমগনু ঐঙোন্দা।।

পেল্লোকো থম্মোয় নহাক্কী
ঐগী ইতৌসে উরগা,
নিশাগী ইপাক্তা লুপ্লীবা
নুংশি মৈচাক খাঙলিবনি
নঙবু কাওবা ঙম্মবনি।।

## মীনোক্তুনি ঐনা ঙাওরিবা

মীনোক্তুনি ঐনা ঙাওরিবা
মীৎয়েংদুনি থম্মোয়বু হুরিবা,
হায়য়ু নঙবু কনানো
মফম কৈদা লৈবনো ।।

থম্মোয়দি হুদুনা চৎখিনু
হায়নিংবা করিনো হায়রম্মু,
হরাওনা পাউখুম পিজগে
নঙগী থম্মোয়না পেন্নবা ।।

নুংশি লৌনমদি তৌবীনু
মৈচাক খাঙবদি ঙমজরোই,
নঙগী থম্মোয়নবু লেপ্পবা
পুক্নিংসে কখোকচগে নঙোন্দা ।।

## ঐবু নুংশি হায়দুনা

ঐবু নুংশি হায়দুনা
ইনাক্তা তোয়না লাক্লম্বা,
লাকখিদরে ঐগী নাক্তা
মাগী ৱাখল হোংশ্রমাল্লে ।।

নুংশিদুনা ওইনজবা ৱাহৈদা
মাদি তশেংনা ৱারৌরল্লে,
নুংশিবসে মিৎনা উরল্লবা
খঙলমগনি কয়াম নুংশিজবা ।।

তশেংনা লানখিবা ওইরল্লবা
লানথ্রে ঙাকপিয়ু হায়রমগনি,
লাপথোক্কে খল্লবসু
ৱাহৈ অমতং হায়রল্লবা
থম্মোয়সিনা কয়াম পেল্লমগনি ।।

## ইঙাওদা ঙাওজবী ইচমদ চমজবী

ইঙাওদা ঙাওজবী ইচমদ চমজবী
নুংশিবা করিনো খঙজদ্রিবী ঐনি,
খ্বাংজেংবা খোইমুনা নাপ্পদা ঙংলবদা
পূক্লিং লৈরাংসে লৈশাৎ তম্লক্লে।।

লম্লাম্বা কনাগী নুংশি ৱাহৈনা
ঙাওহল্লে ঐগী চল্লবা থম্মোয়,
নীংশিংদুনা লৈরে লম্লানবা মাবু
লাইরিক পাবসু পূক্লিং চঙদরে।।

পাউখুম পিরকউ হায়না ইরকপা
মাগী চিঠিনা হেন্নদুম ঙাওহল্লে,
নুংশিনা ইরকপা মাগী চিঠি,
পাবগী পেন্দে পাদুনা লৈনিংই।।

## কুমগী নোংনা লাকপদা

কুমগী নোংনা লাকপদা
বসন্ত মাসু লাক্লমানে,
চীংয়া তময়াসু শংখরে
অনৌবা ফিজোন্না লৈতেংলরে।।

লৈক্রক চৎলম্বা লবুকশিং
ফৌনানা জগোই শাররে,
পোম্বী চেক্লা কয়াসু
নুংশিবা খোঞ্জেন্দা খোংলরে।।

লৈরোলনুংদা লোৎলম্বা
থরো থম্বাল কয়াসু
শিঙেল লৈশাৎ তল্লরে,
লিরি হুম্বা মালংবনা
নুংশি লৈনম কোইনা য়েল্লক্লে।।

## মণিপুর ইমাগী মমোন্নোই

মণিপুর ইমাগী মমোন্নোই
চনুরা লক্তগী অথোয়বী
থৌনা লিংজেন নহাক্কী
চাংদমনিংঙাই লৈতে মালেমদা।।

নাইতোম থোক্লিবা থাজগুম
তোমথিন ঙাল্লিবী মমোম্নি,
তমজনিংঙাই ওইবা মওংনি
মালেমগী মীপুম খুদিংনা।।

মুৎনাইদনা লৈহৌরনি মালেমদা
নঙগী পুন্সি য়ারীদি,
অতাংবী মমোম্নী নঙদি
মালেমদা অনী শুদ্রবী।।

## শর্মিলা শর্মিলা

শর্মিলা শর্মিলা
অখাঙ কম্বী শর্মিলা,
নঙগুম্বী চনুরা অতাংবীনি
মালেমদা অনী শুরন্নেই।।

লাইরেম্বী ইমানা থারকপরা
ঐখোয় খ্বাইবু কম্বীনবা,
নঙগী থৌনা নরিংজেন
অতাবা কয়ানা ঙক্লরি।।

মীনা মীবু হাৎননবা
অমুবা আইনগী মায়োক্তা,
নুংশিরবা থবায়বু তেমশিংনা
লেপ্লীবা পুন্সি মীয়ামগীনি।।

## নিঙোল ওইবী কয়াগী

নিঙোল ওইবী কয়াগী
হৱাও মীনোক তম্নবা,
লাক্লে লাক্লে হিয়াঙ্গে
মেরা থাগী তুংওইনা।।

নিঙোল পূক্লিং শুমহৎপী
মেরা থাগী সনারৈ,
লৈকা ফন্না শাৎলরে
নুংশিবা লৈনম য়েল্লরে।।

মবুং মৌপ্পা কয়ানা
মচে মচল কয়াদা,
ঙমজবা খুদোল তমদুনা
য়াইফ মঙ্গল পিনরি।।

## ব্রানা খাঙলি ঐনা

ব্রানা খাঙলি ঐনা
নুংশি কায়না মৈচাক,
কাওগে ঙমদনা নীংশিংলিবা
থৌদোক কয়ানা ব্রাহল্লে ।।

অদুরা থম্মোয় নঙগী
নুংশি হায়রম্বা ঐঙোন্দা,
ওইখসু নঙনা লম্লানবী
কাওররোই নঙদি পুন্সিদা ।।

কায়নগে খল্লবসু ঐগা
ব্রাহে অমতং হায়রম্লবা,
ব্রারৌরম্লোই নঙোন্দা ঐনা
য়াইফ মঙ্গলদুম পিরমগনি ।।

## লোম্না লোম্না তুমিন তুমিন

লোন্না লোন্না তুমিন তুমিন
হুরান মীৎয়েংদা য়েংলিবী নঙবু,
থম্মোয় হুরগা তুমিন্না চৎখিনু
অশেংবা অমতং খঙনখিসি ইবানি।।

ঙাওহল্লে নঙনা চম্লবা থম্মোয়বু
শুহৎ হৈরবী নঙগী মীনোক্লা,
নুজা কনাগী মমি তাদ্রিবা
থম্মোয়গী কাচিন্দা লোত্তুনা থমজগে।

নুংশিবদা মরোল থম্বা পামজদে
মীনমগে খনগনু শেংলবা থম্মোয়নি,
তশেংনা লেপ্পীরবা ঐগীদমক নঙনা
লেংদ্রবা চীংজাওগুম লেপ্লগে ঐসু।।

## মতমগী মৌ শকহেন্বী

মতমগী মৌ শকহেন্বী
লৈশাবী ওইরবোই খন্দুনা,
নুংশি হায়রুরে মঙোন্দা
মৌনি খঙলুদবা ঐনা ।।

নোক্লম্মী মীনোকসু লৈশাবীগুম
শেৎলিবা ফিজোনসু লৈশাবীগীনি,
মকে শেমদুনা ফজরবী
ঙাওরোইদবা কনানো মঙোন্দা ।।

ঐদি চৈবু চারমগনি
মাগী নুপানা উরম্লবা,
ইরালদি নত্তেকো ঐগী
লৈশাবী শারিবা মাগীনি ।।

## পোইরৈ লমদম তামহৌরবী

পোইরৈ লমদম তামহৌরবী
চীংলোন ঋাংমদা লৈহৌরবী,
কাওগে ঙমদে নীংশিংলকই
মাবু তোয়না উনিংলকই।।

কায়নরমদায় মীকুপ্তা মানা
হিক্লা হিক্লা কপহৌই,
নিংঙমদ মীৎয়েংদা য়েংদুনা
মিৎলু পিরাং শিন্থহৌই।।

শিন্থরিবা পিরাংবু তৈথোকপিদুনা
লাক্কনি হায়না থেম্লম্বনি,
ঙাইরমগে লাকউকো শোয়দনা
শোন্থাংনর খোজেন্দা হায়হৌবনি।।

## নুজাই থবায় ওইজবী

নুজাই থবায় ওইজবী
শিঙেল লৈরাং কূন্দোলৈ,
লৈকা ফন্না শাংলকপদি
নুজাই পূক্লিং খোয়রাংহল্লী ।।

ইখূংনা নঙবু লেংজদুনা
পাম্মুবৈ ঙকশমদা হূকচগে,
মতম কুইরে ঙাইরকপা
শিঙেল লৈশাং তমলকপা ।।

থাজ মানা মীহৌজবী
লৈরাং লক্তগী অথোয়বীনি,
শাবী শানৌ কয়াগী
পুন্সি লৈপূন ওইনলৈ ।।

## ঙাওরে ঐদি পুমঙাও ঙাওরে

ঙাওরে ঐদি পুমঙাও ঙাওরে
নঙগী মীৎয়েং নঙগী মীনোক,
চোয়জায়নরবা শম্লাংলক্তগী
লোন্না য়েংলিবা নঙগী মীৎয়েং ।।

অশুম্না য়েংবরা পাখং খুদিংদা
শুমহৎ হৈরবী মীনোক্না লোইননা,
ঙাওরবা থম্মোয়নি নঙগী বাখন্দা
অরেপ্পা অমতং খঙনিংঙ্ব্রেদা ঐদি ।।

হৈজদে ঐদি লৌনম চিরোল
লৌনমগে খম্বীনু নঙনসু ঐঙোন্দা,
নুংশি মরীনা চেৎনা পুন্দ্রিঙৈ
খঙনহৌশি পুক্নিংগী ওইবা অশেংবা ।।

## ইঙাওদা ঙাওজবী ইচমদ চমজবী

ইঙাওদা ঙাওজবী ইচমদ চমজবী
নুংশিবা করিনো খঙদ্রিবী ঐনি,
ঙাওহল্লে ঐবু লৈফম খঙদনা
নঙগী নুংশি ৱাহৈ কয়ানা।।

নঙগী ৱাখল খন্দুনা লৈরিঙে
ইথৌ তৌনি কাওরুরে ঐদি,
পুন্সিগী অহাম্বা নুংশি শৈহৌনি
শক্লিবা ঈশৈনি শুর তাদনা।।

পূক্লিং লৈকোল ইথক হৌরে
থম্মোয় লৈরাংসু লৈশাং তম্লে,
পাইরক্লে খোইমু শঙ্গু শঙ্গু
ঙংলরে নাপ্পদা চিরোল তৌররে।।

## থাজদরে ঐদি থাজদরে

থাজদরে ঐদি থাজদরে
মতমসিগী লৈশাবী থাজদরে,
ঙরাংতা ঐগা কোইমিন্নরুবী
ঙসিনা অতোপ্পগা কোইমিন্নরম্লে।।

পূকচেল তিংনা নুংশিরুবা
পংলবা থম্মোয় ওইহৌরে,
নুংশিববু মরোল থম্লিবা
মতমগী লৈশাবীগী হৌনশারা।।

লৌনম্বী মাগী মশুংলাং
কায়না মৈশা লাংদ্রিঙৈ,
নুংশি বিদায় পিহৌরগে
মাবু কাওবা ঙম্নবা।।

## লোন্না য়েংলগা মোমোন নোক্লিবী

লোন্না য়েংলগা মোমোন নোক্লিবী
ঙাওহল্লে থম্মোয় হায়ফম খঙদনা,
অর্থ লৈনা য়েংলিবা মীৎয়েংদা
মরৌ লৈবা মীনোক্লি নোক্লিবা ।।

থাজনা ইকায়জবী নিংথিরবী মায়থোং
লৈরাংশিংনা মীহৌজবা নওগী মীনোক,
উদুনতা লৈরে নিংথিরবী শক্তম
কাওগে ঙমদরে নুংশি মীনোক ।।

থৌনা লৈজদে নুংশি হায়জবা
লোন্না য়েংজবা নত্তনা নওবু,
মীপায়জে থম্মোয়দা করিগুম্বা মতমদা
লম্লানবা কনাগী ওইখিদরা খম্বদা ।।

## মীগী মচা ওইবী

মীগী মচা ওইবী
শকখঙদবী লল্লাবী নঙবু,
উরুবা মীকুপ্তা ঙাওরেনে
হায়কম খঙদ ঐহাক্তি ।।

য়েংজনিংবা চেংলৌ শক্তম
য়েংজবসু ঙমদে মায়পুননা,
লোম্না তুমিন য়েংজরগা
পেঙরিবা থম্মোয়নি ঐগী ।।

থাজগুম কোইরাওনবী মায়থোংদা
মোমোন নোক্লিবা চীথান,
কয়াদা পুক্লিং হুরিবা
শুমহৎ হৈরবী মীনোক্তো ।।

## কয়াদা নুংশিজবা ঐনা নঙবু

কয়াদা নুংশিজবা ঐনা নঙবু
লৌনম্বী থম্মোয়নি খঙলুদবনা,
চীম্বাম্থোংদা নুংশিবা শারম্লবা
থম্মোয়দনা অতোপ্পা নুংশিরম্লে।।

তোয়না তোয়না উন্নসি
উদ্রদি লৈঙমদে হায়রম্বনি,
থাজরুদে অসুম্বা তৌরক্কনি
মাগীদমক মতৌদুদা ঐহাক্তি।।

অরোম্বা নুংশিবা থম্লগা
করিগী নুংশিবা শারম্লি,
কায়না মৈশা লাংদ্রিবী নঙদি
কায়না মৈচাকসে খঙলম্লোই।।

## মণিপুর সনা লৈবাক্তা

মণিপুর সনা লৈবাক্তা
নাইতোম তোমখিন ঙাক্লিবী,
তাংনা ফংজবী মমোম্নী
মমোম্লক্তগী অথোয়বীনি ॥

মালেমদা কোইনা থিরবসু
নওগুম্বী চনুরা লৈরম্লোই,
থবাম্নীচাক কয়াগী মরক্তা
তোমখিন ঙাম্লিবী ধ্রুবতারানি ॥

নওনা হাপ্পীরে ঐখোয়দা
অনৌবা খৌনা লিংজেন,
লাওরসি ঐখোয় পুন্না
খোংফম চেৎনা লেপ্পসি ॥

## হে ইমা পাবতি

হে ইমা পাবতি
কৎচনি নচানা কোটি প্রনাম,
নওসি থৌজানগী মবেম্মনি
তাইবং যালেমসিবু শেঙ্গীরিবা ॥

শাইওন কয়াদা নওনা
তাইবং লিলা শান্নবীরি,
দুর্গাগী শক্তম লৌদুনা
হিংচাবা কয়াবু লাখীরি ॥

হিংচা য়াইতম্বনা থল্লবা
কল্লিগী যুগনি তমথিরবা,
হাম্নীরো থৌনা লিংজেন ইমানা
মায়য়োক্লবা ওন্নবা মখোয়গা ॥

## লোইবী চীংলোন ঋাংমদা

লোইবী চীংলোন ঋাংমদা
পোইরে তাম্না লৈহৌরবী,
কাওগে ঙমদে থম্মোয়সিনা
নঙবু হেক্তা নীংশিংলকই।।

চেংলৌ শক্তম নহাক্কী
উদ্রগা হেন্না খোয়রাংলকই,
চৎখ্রদি লাক্করোই হায়না
খাম্বা য়াদনা কপহৌই।।

পোন্দা লৈবা চেক্লাগুম
বন্দি ওইরে ঐহাক্তি,
লাক্কে খল্লী লাকঙমদে
খোংদা য়োৎহ্লিং থাংবীরে।।

## কাওবা ঙমদ্রবা নুংশি শক্তম

কাওবা ঙমদ্রবা নুংশি শক্তম
উদুনতা লৈরে মংলান খুদিং,
করম্বা নঙগী নুংশি ময়ানো
ঐগী থম্মোয়বু অশুক ঙাওহন্বা।।

লৈকোন্দা শাৎচবী লৈরাং কয়ানা
মীহৌজবা নঙগী নুংশি মীনোক্লি,
পূকচেল মশক খঙদ্রিবী নঙবু
পুক্নিংগী ওইনিংবনা মংলুরে মংলান।।

তাজনিংই পাউখুম অমদি নফমদগী
পুক্লিংগী ওইবা অরেপ্পা করিনো,
ঐগী নুংশিবনা নঙগী নফমদা
অয়েৎপা অমদি ওইরম্লনি।।

## হে ঈশ্বর তাইবংবু শেন্নিবা

হে ঈশ্বর তাইবংবু শেন্নিবা
খুরুমজরি নঙবু তোল্লবা ননাইনা,
তাকপিরো ননাইদা অশেংবা মিংখে
উংপিরো ননাইদা অরেপ্পা শক্তম।।

লাইফম কয়াদা কোইনা চত্তুনা
থিরিনে ননাইশিংনা নঙবু ফংনবা,
লেংলি পাল্লিবা উরিবা শক্তমসে
নহাক লৈরি তাক্লীবরা ননাইশিংদা।।

করম্বা লম্বীদা চৎলগা ননাইশিংনা
নহাকপু উজবা ফংগনি তাকপীয়ু
শোল্লীবা লাইশোলসিবু পেন্থীবরা নঙনা
শক্লিবা ঈশৈসিবু তাবীবা নঙনা।।

## কয়াম নুংশিজবা ঐনা নঙবু

কয়াম নুংশিজবা ঐনা নঙবু
খঙলম্লোই নঙনদি ঐগী নুংশিবা,
ফোঙদোকপা ঙমদ্রবসু চীন্নাঙ্গিনা নঙোন্দা
নুংশিনা য়েংলিবা মীৎয়েংগী অর্থদি খঙলমগনি ।।

মংলান কয়ানি মংলিবা ঐনা
নঙ-ঐতগী ওইবা তাইবং সংসারদা,
করেম্মরি নঙগী মীনোক্না ঐবু
তোয়না তোয়না মংলান্দা লাক্কুনা ।।

শম্লাংলক্তগী লোন্না য়েংলীবা মীৎয়েং
ঙাওরোইদবা কনা লৈরমগনি,
লম্লান্বা কনানসু য়েংহন্নীংদে নঙবু
লোত্তুনা থম্মীংই থম্মোয়গী লকাদা ।।

## হে হরি হে নরায়ন

হে হরি হে নরায়ন
জগৎকী মপু ওইরিবা,
খুরুমজরি ইকোক নোম্না
তোল্লবা ননাইনা নখূয়া থম্বালদা ।।

নওগী থৌজান্দা হিংজরিবা পুন্সিবু
লমজিংদুনা পুবীয়ু লম্মুক্কুর মতমদা,
লেঞ্জগে পুন্সিসে ননাই ওইনা
তোল্লবনি খন্না থৌজাম্বীয়ু প্রভু ।।

নহাক্কী মিংখৈতবু শোঞ্জরগা
পূক্লিংগী পোত্থাফম ওইনরি ননাইশিংগী,
তাকপীয়ুনে প্রভু তোল্লবা ননাইশিংদা
পুন্সিগী অচুম্বা চংকদবা লম্বী ।।

## কল্কিগী অবতার ওইরিবা

কল্কিগী অবতার ওইরিবা
হে সৈত্য সাই প্রসান্তি বাবা,
কৎচরি নফমদা কোটি প্রনাম
জগৎকী মপু কল্কিগী অবতার।।

লম্মুক্করবা ননাই কয়াবু
লমজিংদুনা পুবীরি নঙনা,
অঙকপনি নঙগী লিলা
খঙবা ঙমদে ননাইশিংনা।।

নফমদা করিবু কৎচরগা
নঙগী থম্মোয়না পেন্নীগনি,
তাকপীয়ুনে প্রভু ননাইশিংদা
চৎকদবা অচুম্বা লম্বী।।

## ইমা ইমা ইমা

ইমা ইমা ইমা
হে ইমা নুংশিবী,
নঙতবু নীংশিংদুনা লৈরে
অৱাবতা শরুক ওইহনবীনি
নুংঙাইবা শরুক ফংখিদ্রবীনি ॥

নচা ঐখোয়গী থম্বদা
পূক্লিংগী পোত্থা ফংখিদ্রবীনি,
মীমান্নদ্রবী শোল্লবী ইমানা
কয়াদা ৱাজখিবা মচা ঐখোয়গী ॥

হৌগ্রবা পুক্সিগী ৱারীশিং
তত্তনা নীংশিংলি ওসিসু,
নচাগী সেবানা ৱাংথ্রবসু
ৱারৌবীনুকো ইমা নচাদা ॥

## পলেম ইমাও নুংশিবী

পলেম ইমাও নুংশিবী
কৌজরি নচানা খুলাম তোয়না,
নুংশিনা অমুক্তদি খুম্বীরকউবা
মংলান্দা ওইরবসু লাকপীদুনা ।।

ইমাগী নফমদা নচানা
করি লানখিবা লৈবগে,
তাইবং মালেম থাদোক্লমদায়
বাসু ঙাংদনা চৎখিবদি ।।

ইমাদি থৌজাল লৈবীনি
অচান মীরায় নাইদবী,
নঙগুম্বী ইমাদি অতাংবীনি
মালেমদা অনী শুরম্লোই ।।

## মীনুংশি চাওবী হাদা পলেম

মীনুংশি চাওবী হাদা পলেম
করম্না লৈরিবগে লাইরমলেন্দা,
মীমান্নদনা শোল্লবী ইমা
কনানা সেবা তৌরিবগে।।

পোকচবা পোকচবী খায়রমদনা
অচান মীরাজ নাইরমদবী,
নীংশিংলুরগা পুন্সিগী ৱারীশিং
হেন্নদুম নুংশিরকই ইমা নওবু।।

হায়বীরম্বা তাকপীরম্বা খুদিংমক
নচানা কাওজদে ঙসিসু,
পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ্না লাক্লবদা
লৌশিন্বীয়ু নচাবুসু পলেমগী নাক্তা।।

## ওঁ নম্ম শিবয়

ওঁ নম্ম শিবয়
ওঁ নম্ম শিবয়
ওঁ নম্ম শিবয়
শিব শিব নম্ম শিব ।।

হায়নৈনে নঙদি জগৎকী মপুনি
তাইবং মালেমসিবু শেম্বীরিবা,
যুগ খুদিংদা অবতার তৌবীদুনা
ননাইশিংবু লমজিংবীরি নঙনা ।।

নিরি মখৈ পিবীবা
হায়জরি মখৈ তাবীবা
থৌজানগী মপুনি নঙদি,
চীং লেম্লবা নঙগী মায়থোংনি
শুমহৎনিংঙাই ওইরবা নঙগী মীনোক্লি ।।

## হে শিব মহাদেব

হে শিব মহাদেব
জগৎকী মপু ওইরিবা,
খুরুমজরি তোল্লবা ননাইনা
নঙগী খূয়া থম্বালদা।।

খূত্তা ত্রিশুল পায়দুনা
চীক্লা লেম্মা লেপ্পুনা,
করিনো নঙনা য়েংলিবা
নঙনা শেম্বা তাইবংদা।।

হায়নৈনে নঙদি তাইবংদা
নিরি মখৈ পিবীবনি,
হায়জবা খুদিংদা তাবীবনি,
ওইহন্বীরম্মু নঙগী মালেমসে
সান্তি লৈবা মালেম অমা।।

## তাইবং মালেমসিবু পোকপিরিবী

তাইবং মালেমসিবু পোকপিরিবী
হে ইমা দুর্গা ময়া,
কৎচরি নফমদা কোটি প্রনাম
হে ইমা থৌজাল লৈবী ।।

শক্তি লৈরবী ইমানি
নতিক নগুণ চাওবীনি,
শক্লোন কয়াগী মবেম্মনি
তাইবং লিলা শান্নরিবী ।।

তোল্লবা কয়াগী য়াকৎফম
মীমান্নদ্রবা কয়াগী চঙজফম,
থৌজানগী মবেম্মনি নঙদি
ঐখোয় খ্বাইবু নাওয়োকপিরিবী ।।

## ঐগী ৱাহৈ অমদা

ঐগী ৱাহৈ অমদা
ৱারৌথ্রমানে নঙগী থম্মোয়,
তোয়না লাক্লম্বসু লাকখিদরে
মপাউসু কুইরে তাখিদবা ॥

ঐনা কয়াম নুংশিজবা
খঙবীদে নঙনা করিসু,
ওইনজবা ঐগী ৱাহৈদা
চিংনথ্রমানে মাগী থম্মোয় ॥

কায়নবা তারবসু ইবানি
অমুক্তং উনরগা শেংদোকচনিংই,
থম্মোয়নুংদা খাঙলিবা মৈচাক
খঙলম্লোই নঙনদি করিসু ॥

## ওইনজবা ঐগী ম্লাহৈদা

ওইনজবা ঐগী ম্লাহৈদা
নঙনা অদুক ম্লারৌবদি,
কায়নবগী তঞ্জা ওইরম্লরা
ইরাল কয়া শিরিবদি।।

নুংশিবসে মিৎনা উরম্লবা
খঙলমগনি ঐনা কয়াম নুংশিবা,
কায়নগে খল্লবসু ঐগী
ইরালদি শিরমগনু ঐঙোন্দা।।

লাঞ্জদ্রবী ঐনি খাঙলিবা
নুংশি মৈচাকসিদি খঙলম্লোই,
কায়নগে খল্লবসু অমুক্তদি
অরোইবা ওইনা উনখিসি
ইরালদো করিনো খঙজহৌগে।।

# ঐগী নুংশিবদি ঐতগী ওইনিংই

ঐগী নুংশিবদি ঐতগী ওইনিংই
ইনাক্তা অসুম লেংদনা থম্মীংই,
কাওগে ঙমদে মীকুপ অমসু
তোয়না হেক্তা নীংশিংলকই নঙবু॥

করি ময়ানো নঙনা পুরিবা
ঐগী থম্মোয়বু অশুক ঙাওহল্বা,
শকখঙদবা কনাগা চৎমিন্নবা উরগা
করিগীনো ঐনা অশুক ঝারৌরিবা॥

লৈচল শুনা শাৎলিবা লৈকোন্দা
খোয়দাবা লৈরাংনা ঋাইদগী হেম্বগুম,
নঙতনা মহেল্লী ঐগী মীৎয়েংদা
য়েংবগী পেন্দে য়েংদুনা লৈনিংই॥

## থম্মোয়দা মৈশা লাংলিবা

থম্মোয়দা মৈশা লাংলিবা
নুংশিবা নঙগী নশুংলাংনি,
ঐনা করি লানখিবা
নঙনা অদুক খারৌরিবা॥

ওইনজবা খাহে নত্তনা
লানখিবা লৈতে নঙোন্দা,
থম্মোয় শেংনা নুংশিবনি
নঙগী খাখন্দা ঙাওজবনি॥

থম্মোয়নুংদা লাৎলিবা শক্তমসে
কনাগী নত্তেনে নঙগীনি,
ইরাল শিগে খম্বীগনু
কায়নগে খল্লবসু নঙনা ঐগা॥

## হৈনা চৎচৌ লৈশাবীশা

হৈনা চৎচৌ লৈশাবীশা
মতমসে য়াম্না লুরবনি,
খোংফম অমা শোয়খিবদা
নপুন্সি লোইবে খঙজৌহে।।

অহানবা নুংশিনবা হৌরকপদা
লমচৎ হান্না থিদোকচহৌ,
নিশা চাব পাখংশিং
মরাং কায়না লৈরবনি।।

ষূম পানবা কুইদ্রিঙৈ
লুখ্রা ওইহৌবী কয়ানি,
নুংশিবদা মিৎ তাংলুনু
অফ ফত্ত য়েংজহৌ।।

## হৌজিক্কানগী লৈশাবীশিং

হৌজিক্কানগী লৈশাবীশিং
য়েংবদা য়াম্না নিংথিজরে,
মকে শেন্বা হৈরেনে
য়েংবগী পেন্বা নাইদরে।।

শেংলিবা ফিজেৎ লৈতেংনা
অউবা কয়াবু ঙাওহল্লী,
গাড়ী তোংবনা হৈরিবা
সিনেমা হেরোইনগী মতৌগুম।।

মীনোক হৈবী লৈশাবী
পাখং থন্মোয় হুগন্বী,
খোয়রুম মোমোন নোত্তুনা
মিৎচিনা লোন্না য়েংলিবা
ঙাওরোইদবা পাখং কনানো।।

## ইমা লৈমারেল শিদবী

ইমা লৈমারেল শিদবী
তাইবং মালেম পোক্লিবী,
ইকোক নোম্না খুরুমজরি
নচা ননাই ঐখোয়না ।।

ইমাদি থৌজাল হৈবীনি
চায়োক নাওয়োক ফবীনি,
যূমথোং খুদিং লৈবীদুনা
ঐখোয় শ্বাইবু নাওকোম্বীরি ।।

লেংদনা লৈবীয়ু ইমানা
নচাশিংনা সেবা চঙজগে,
ইমাগী থৌজান্দা হিংলিবা
নচা ননাই ঐখোয়নি ।।

## মোং হাদবী নঙগী নতৌদা

মোং হাদবী নঙগী নতৌদা
ফোঙদোকপদি ঙমজদে ঐগী নুংশিবা,
লাকখিবনি কয়ারক ননাক্তা ঐনা
ফোঙদোক্লিংবা ব্রাহে ফোঙদোক্কে খন্না ।।

নুংশিবনা নঙবু ঙাওজবনি নঙোন্দা
ফোঙদোকপা ঙমদ্রবসু নুংশি ব্রাহে,
ইজখি ঐনা কয়ারক হন্না
নুংশি ব্রাহে ফোঙদোক্কে খন্না ।।

করিগুম্বা নঙনা মীগী ওইখ্রবা
মৈচাক খাঙহৌরনি থম্মোয়দা ইদোম,
পাংদ্রবা থম্মোয় খাঙভুকো মৈচাক
খোয়দাবী মানা মীগী ওইব্রগা ।।

## খূত্তা লাঙ্গোল পায়দুনা

খূত্তা লাঙ্গোল পায়দুনা
অর তিতি লাওদুনা,
লাঙ্গোল য়োংলম ফাংলিবা
খুঙ্গংগী পাখংসে নুংশিদরা।।

রায় কৌবদা হায়দ্রবা
মপুগী য়াথং ইল্লিবা,
ষণ লাব অমোমশিং
নুংশিদরা য়েংঙুনে মতৌসে।।

ইচে ইচল কয়াসু
লৌরিং ঙস্থু শান্নবা,
খুল্লং ঈশৈ শক্লিবা
কয়াদা পূক্লিং হুরিবা।।

## তোল্লীদকো নুজাই মপোক

তোল্লীদকো নুজাই মপোক
হায়জরুবা ঙমজদে ইচীন্সিনা,
পামজবা কনাগী মফমদা
নুংশি হায়বা ব্রাহৈসে ।।

নুংশি হায়রুরবসু ইচীন্সিনা
হায়নখিনি ঐবু অফাওবীনি,
ফোঙদোকপা ঙমদ্রবসু নুংশিবা
থম্মোয়নুংদা লাংলি শক্তমদি ।।

পামজবা মানা অমুক্তং
নুংশি হায়রক্লবা ঐঙোন্দা,
হরাওনা খুমখিগে পাউখুম
মাগী থম্মোয়না পেঞ্জনবা ।।

## নুংশিবনা থম্মোয়নুংদা লাৎলগা

নুংশিবনা থম্মোয়নুংদা লাৎলগা
চীন্বাঙ্হোংদা নুংশিবা শারম্লে,
ওইদা ব্রাহৈ কয়ানা
লৌনম্বা চিরোল তৌরম্লে।।

কায়না মৈশা খাঙলিবা
ইতৌসে উরগা পেল্লুকো,
অহিং কয়ানি তুমখিদবা
নুংশি মৈচাক খাঙবদা।।

লৌনম্বা হৈত্রবা থম্মোয়সিনা
ব্রারৌদে নফমদা করিসু,
লাইর মচা ওইরুবা
ঐতগী ইরাল ওইহৌরগে।।

## থেংনরকখি ঐনা খুঙ্গংদা

থেংনরকখি ঐনা খুঙ্গংদা
মকে শেমদনা ফজরবী,
পূক্লিং হুনা নীংথিরবী
য়েংবগী পেন্দে নুংশি শক্তম ।।

চোয়জায় তারিবা শন্নাংদগী
নুংশিরবা চিংহি মনম,
কাওগে ঙমদে নীংশিংলকই
পোইরৈ লমদম তামহৌরবী ।।

ইকায় থিবী মতৌদা
লোন্না ঐবু য়েংহৌই,
পূকচেল শেংবী মতৌদো
মায়থোংদা মমী তাহৌই ।।

## লিরি হম্বা মালংবা

।লার হম্বা মালংবা
নঙসে মঙাও থিস্ত্রেদা,
লৈকাদা লোত্তুনা থমজবা
লৈনম্বু হমদুনা পুখিবদি ।।

পাইরক্লনি খোইমু শানাম্বা
নাপ্পদা চিরোল তৌররনি,
পূকচেল লেপ্তুবা খোইমুনি
লৌনম চিরোল হৈবনি ।।

ঙমজরোই মৈচাক খাঙহৌবা
কায়না মৈশা কিজেনে,
লৈনাদা লোত্তুনা থমজবা
লৈহি চুপকে ঙংলরনি ।।

## লাংবন থাগী চিক্লবা অহিংদা

লাংবন থাগী চিক্লবা অহিংদা
তত্তনা খোংলিবা শকখঙদবা চেক্লা,
হায়য়ু করিনো নঙনা হায়নিংলিবা
নখৌ পোংনা তোয়না খোংবদি।।

শিপ্রবা থবায়গী পাখোল্লোই ওইবরা
তোয়না লাক্কুনা নঙনা খোংবদি,
চেঙ থোইদিং থাবীগে লাওনে
নবুক থন্না চারগা হনখো।।

পাঙ্গল শোল্লবী পলেম ইমানি
কনানা সেবা তৌহৌই হায়য়ু,
মচা মনাই ঐখোয় খ্বাইনা
কাওবা লৈত নীংশিংহৌই তম্বীয়ু।।

## নোংদোনগী থাজ নঙনা

নোংদোনগী থাজ নঙনা
ঐবু তত্তনা থাহল্লে,
কাওত্রগে থম্লবী লম্লানথ্রবী
করিগী নীংশিংহল্লী নঙনা।।

কয়াদা থাজনা লৌনমখিবা
লাওদ্রবা ঐগী ইফমদা,
লৈনখিবা নুংশি মরী
থাজ নঙতনি খঙহৌবা।।

তোল্লবীগী ইতৌসে উরগা
নোকউকো থাজ নঙদি,
নঙগীসু লাকখিনি নোংমা
অমম্বা থাশিগী অহিং।।

## মতম অমগী চান্নবী

মতম অমগী চান্নবী
থাজদনা থেংনখি নোংমা,
নিংঙমদা মীৎয়েংদা য়েংদুনা
করম লেপ্লী হংলকই ॥

লৈনা কংলবা গুলাপকুম
ফিভম থিনা শোক্লগে,
লৈকা কিহুরবা থম্বালগুম
মায়থোং শত্তুম থম্বালগুম ॥

লাঙ্‌দ্রবা থম্মোয়দা মীনমলম্বা
অহেম্বা য়েংলগা চংখিবনি,
কয়াদা নুংশিরকখি মতৌদো
নুংঙাইনি খন্না চংখিবীদো॥

## চৎলবোই নঙদি লৌনম্নগী ঐঙোন্দা

চৎলবোই নঙদি লৌনম্নগা ঐঙোন্দা
নুংঙাই য়াইফবা মাগী মশাইগোন,
বিদাইসু পীরমদা ইরালসু হায়রমদা
তুমিন্না চৎখিবদি করম্বা থম্মোয়নো।

চীম্বালখোংগী নুংশি বাহে
অপাইবা লৈচিলগুম ওইহৌরে ঙসিদি,
নুংশিবা থম্মোয়গী কাচিন্দা থন্নগা
চীম্বালখোংদা নুংশিবা শারমলে॥

নুংঙাইনা লৈয়ুকো নুংঙাইবে মশাইগোন
নুংঙাইবা পামদুনা চৎব্রবী নঙদি,
নীংশিংলুনু অমুক নৌহৌনা ঐবু
নিংঙমদবা লাক্কনি লৌনমখিবা কয়াদো॥

## তাম্নাগী খোঞ্জেনগুম নুংশিরবী

তাম্নাগী খোঞ্জেনগুম নুংশিরবী
থাজগী মায়খোংগুম নিংথিরবী,
মোমোন নোকপা মীনোজুনা
ঐগী পৃক্রিং শুমহংপিরে।।

পোথাফম খঙদে থম্মোয়সে
নঙগী বাখল খল্লদা,
নীংথিবী চেংলৌ শঙ্কম
উদুনতা লৈরে মংলান্দা।।

লাক্লিংই ননাক্তা তোয়না
নুংশি চেংলৌদো য়েংনিংই,
নোংমতং নঙবু উদবদা
লৈত্রকম খঙদে বাখলসু।।

## ঙাওহম্বীরে ঐগী থম্মোয়

ঙাওহম্বীরে ঐগী থম্মোয়
শুমহৎ হৈরবী মীনোঙ্কুনা,
থম্মোয়বু হুরগা চংখিনু
অশেংবা অমদি হায়রম্মু॥

ননাক্তা তোয়না লাকচগে
নুংশি শক্তম য়েংজগে,
থম্মোয়গী কাচিন্দা নহাকপু
কনা উদনবা লোৎচগে॥

লৈজদে ঐগীদি কনাসু
পৃক্লিংগী ওইবা অরেপ্পা,
নুংশিনা পাউখুম পিরম্মু
পুক্নিসে নঙোন্দা কখোকচগে॥

## থাজ নঙনা করিগী

থাজ নঙনা করিগী
ভঙনা ঐখু করেম্নরি,
মায়থোং মকা লাম্না
মোমোন নোক্না য়েংবদি।।

নঙতনি খঙহৌবা উহৌবা
মাগী ঐগী অরোম্বা কয়া,
থম্মোয় অনী তিন্নখিবা
নঙনা ইকায়দুনা লোংখিবদায়।।

পূকচেল মশক খঙদনা
কয়াদা ঐনা নুংশিজরবা,
ঙসিদি খাঙহৌরে মৈচাক
লৌনম্বা মাগী মগুংলাং।।

## নঙগী নুংশিবনা ঐবু

নঙগী নুংশিবনা ঐবু
হায়কম খঙদনা ঙাওহল্লে,
বাহৈগী নুংশিবা শামজদে
থম্মোয়গী নুংশিবনি পামজবা ॥

চিংনবা পোকহল্লী করিগুম্বদা
নঙগী নওং নতৌদো,
চিংনবা কয়াসে কোক্লবা
হায়বীয়ু অশেংবা অমা ॥

মীশায় চাওবী ওইরবনা
পৃক্লিংদা মওন খল্লকই,
পোথাকম খঙদনা বাহল্লী
নঙগী বাঙাং কয়াদা ॥

# করিনুংগী ঐনা নুংশিরুবা

করিনুংগী ঐনা নুংশিরুবা
করম্বা পূকচেলনো খঙত্রিদে,
কয়াম থাজরুই ঐনা
নঙগী বাহে খুদিংবু।।

খাঙলিবা মৈচাক্লি নশুংলাং
কনা খঙদ থম্মোয়নুংদা,
চূরক্নো কুমগী নোং
ইংহম্বীরো অমুক্তা
মৈশা লাংলবা থম্মোয়সে।।

পূক্চেল তিংনা নুংশিবদা
করিগী নঙনা মীনল্লিবা,
অরেপ্পা নঙগী লৈরুগা
নুংশিবা করিগী শারল্লি।।

## তাম্নবা খুঙ্গংদা লৈহৌই

তাম্লবা খুঙ্গংদা লৈহৌই
মকে শেমদনা ফজরবী,
মংলান্দা উদুনতা লৈরে
নুংশিরবী চেংলৌ শক্তম ।।

লিরি হুম্বা মালংনা
নুজাই শম্লাংদগী হুম্লকপা,
পৃক্লিং হুনা নুংশিরবা
চিংহি মনমদো কাওদরি ।।

ইকায় থিবী মতৌদা
হুরাল মীৎয়েং য়েংহৌই,
মোমোন নোকপা মীনোক্লা
নুংশি পাউখুম পিরকই ।।

## নুংশিবনি ঐদি নঙবু

নুংশিবনি ঐদি নঙবু
থম্মোয় শেংনা হায়রবদা,
অতোপ্পা নুংশিবা লৈজদে
ঐগীদি নঙনা লেপ্লবনি।।

থম্মোয়নুংদা লাৎলিবা শক্তমসু
নুংশি নঙগী শক্তমনি,
য়েংজনিংদে শকহেনবী কনাদা
নঙতবু অসুম য়েংনিংই।।

পামজদে চীম্বাহোংগী নুংশিবা
পূকচেল তিংনা নুংশিনসি,
করিগুম্বা নঙগা কায়নরবা
পুক্সিদা নুংশিবা থম্লরোই।।

## ঐগী নুংশিববু নঙনা

ঐগী নুংশিববু নঙনা
মীনুংশি খঙদনা মীরায়বীরে,
পুন্সিগী ওইগে খল্লুবনা
থম্মোয় শেংনা নুংশিবনি ॥

ইরালসু হায়রমদে নঙনা
বিদায়সু পিরমদে ঐঙোন্দা,
নুংশিবা লৈনা লৈনা
করিগী নুংশিবা শারল্লি ॥

মিংলু পিরাং কংদনা
অহিং পিরাং কংদনা,
খঙলম্লোই নঙদি লৌনম্বা
নুংশি মৈচাক করিনো ॥

## ইরাল করিনো হায়রম্মু

ইরাল করিনো হায়রম্মু
নঙনা অদুক ঝারৌরিবা,
ইরালসু হায়রমদে চৎত্রবদি
নুংশি পাপ লংজখিনি ।।

নঙগী সেবাদা লেনজগে
ননাই সেবাদা লেনজগে,
লানখিবা লৈরবসু নফমদা
পংলবীনি খন্না ঙাকপিয়ু ।।

শিঙ্খরিবা মিৎলুগী পিরাংসিনা
নঙবু নুংশিবগী খুদমনি,
থম্মোয় শেংনা নুংশিবনা
পূকচেল তিংনা হায়জবনি ।।

## করিনুংগী নঙবু নুংশিরুবা

করিনুংগী নঙবু নুংশিরুবা
থম্মোয় মশক খঙদ্রিঙৈদা,
নুংশিদনা নুংশি শা
কয়াদা লৌনমখিবা ঐঙোন্দা।।

নঙনা হায়বা খুদিংদা
ঐনা কয়া থাজরুবা,
পেল্লুকো নঙদি লৌনম্বা
মৈচাক খাঙলিবসে উরগা।।

নঙদি নোক্লিনি হরাওনা
পামজবা ফংলে খন্না,
লৌনম খুদোল পামজদে
লৌরখো নোংমতং লাক্লুনা।।

## পম্মৌগী চৈরাক কিদুনা

পম্মৌগী চৈরাক কিদুনা
যূম্নাক শাগে ওনথ্রবী,
থেংনখি থাজদনা ইবানি
মতম কুইরবগী মতুংদা ।।

ঙাইহাক মীকুপ লেপ্পখি
ওকচান্না মীৎয়েংদা য়েংনখি,
নুংশি মৈচাক্লা চাক্লবা
থম্মোয় অনী পাউদম্নখি ।।

নিংঙমদা পিরাং শিন্থরকখি
ঐবু উবা মীকুপ্তুদা,
হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা
করম লেল্লি হংলকখি ।।

## মৈচাক খাঙলিবা থম্মোয়দি

মৈচাক খাঙলিবা থম্মোয়দি
লৌনম্বী নঙগী নশুংলাং,
কয়াদা নুংশিরুবা ঐনা
অশুম্না মীনমগনি খন্দবনা।।

করিনুংগী ঐনা .......
নঙোন্দা থাজবা থম্নুবা,
থম্মোয় কনমল্লী নঙসে
মীনুংশি হাক্লা খঙমন্দে।।

নুংশিবদা মরোল থমগম্বী
অরেপ্পা পৃকচেল লৈতবী,
য়েংঙুকো নঙদি পেন্না
লেল্লিবা পুক্নি মরেলসে।।

## ঐবু মীরায়দুনা চৎখ্রগা

ঐবু মীরায়দুনা চৎখ্রগা
ঙসিনা করম্বা মীনুংশিনো,
ঐগী মরমদা নঙনা
তোয়না তোয়না হংলকপদি।।

হৌখ্রবা পুন্সিবু নীংশিংলগা
থম্মোয়দা নিংঙমদবা ফাওরকপরা,
থাদোক্লোই হায়না ব্রাশকখিবা
ব্রাশক্কী চৈনা ফাওরকপরা।।

লাইর মচা ওইবনা
ঐবু নঙনা মীরায়খিবনি,
কয়াদা ব্রানা খাঙখিবা
কায়না মৈচাক্তো নশুংলাং।।

## নুংশিদরা য়েংঙু

নুংশিদরা য়েংঙু
মরৈবাক নিংবা মপারিশিং,
নুংঙাইরবা যূম থাদোক্তুনা
উমংদা পুন্সি লেপ্লিবা ।।

নুংশিরবা থব্রায় পাম্মুদনা
ইমা লৈবাকপু ঙাক্লিবা,
থৌনা লিংজেন উৎতুনা
য়েক্লবা কয়া মায়য়োক্লরি ।।

যূমগী চিঠি পাদুনা
ঙাইহাক মীকুপ পোথানরি,
ইখেং তানি কিদনা
ইমাগী ওমথৈ ঙাকহৌই ।।

## ঐগী নুংশিবা নঙনা

ঐগী নুংশিবা নঙনা
ঐবু মীরায়দুনা চংখিবা,
করি লানখবগে ঐনা
নঙগী থম্মোয়না ঝারৌরিবা।।

নীংশিংলক্তরা নঙবু
অদুক্তে লাইশংদা ঝাশকখিবা,
কোক্তা খূৎ থমলগা
পুন্সিগী থাদোকলোই হায়রম্মা।।

নোংমতং মীনমগে খনখিদে
থব্রায়গী মণি নঙোন্দা,
খোয়দাবা কনাবু থেংনরগা
ঐবু কাওরগে খল্লিবরা।।

# মীগী মচা ওইবী

মীগী মচা ওইবী
নুজা নঙবু শকহেন্বী,
য়েংজনিংবা চেংলৌ শক্তম
করিগী লোৎলি শন্নাংলক্তা ॥

হায়দোকউনে শন্নাংদো অমুক্তা
মায়থোংদো পেন্না য়েংজগে,
থোয়না-হেন্না য়েংনিংই
ইকায়থিবী নঙগী নতৌদো ॥

তরু তরুরবা মিৎস্নানা
তনিক তনিক য়েংলকপা,
ঙাওহল্লে ঐগী থম্মোয়বু
মোমোন নোকপা মীনোক্লা ॥

## করিনুংগী নুংশিরুবা

করিনুংগী নুংশিরুবা
থম্মোয় মশক খঙদ্রিবগৈ,
কয়াদা থাজহনখি ঐবু
অহান্বা নুংশিনবা হৌরকপদা।।

নুংশিরবা মাগী ৱাহৈনা
ঙাওহন্বীখি ঐগী থম্মোয়,
শিরম্লে ইরাল ঙসিদি
লাপথোকপা য়ানবা ঐঙোন্দগী।।

হায়বা খুদিংদা য়াখিবনি
পূকচেল তিংনা নুংশিবনা,
ইপাপ্তি শোয়দনা নংজনি
লাঞ্জ্রবা ইফমদা মীনম্বদি।।

## লাক্লে লাক্লে হিয়াঙ্গে

লাক্লে লাক্লে হিয়াঙ্গে
মেরা থাগী তুংইন্না,
কৈথেল লাইরেম্বী ইমাসু
হরাও মীনোক তম্লরে
দিবালি কৃষ্ণোনা লাকপদা ।।

যুমথোং যুম্বথোং খুদিংদা
মৈরা পরেং কৎলরে,
সনা মাম্বী সনারৈ
শিঙেল লৈরাং শকহেম্বী
ইমাগী লৈতেং ওইররে ।।

মবুং মৌপ্বা অনীগী
নুংশি মরী চেৎনবা,
লাইরেম্বী ইমাগী খুদোলনি
চহিগী নিঙোল চাক্কৌবা ।।

## তাইবং মালেম্দু শেম্মীরিবা

তাইবং মালেম্দু শেম্মীরিবা
তাইবং মপু ওইরিবা,
তোল্লবা ননাইনা খুরুমজরি
নঙগী খূয়া থম্বালদা।।

নঙগী তাইবং মালেমসে
সান্তিগী মালেম ওইহন্নীরো,
তাহে উইহেন্দ্রবা কয়ানা
নিল্লে নঙগী মালেমসে।।

ইংনা চিক্লা লৈজদুনা
নঙগী সেবাদা লেঞ্জগে পুন্সি,
লমজিংদুনা পুবীয়ু ননাইশিংবু
অচুম্বা লম্বীদা নঙনা।।

## নঙগী চীঙ্বান্দুনা অমুক্তং

নঙগী চীঙ্বান্দুনা অমুক্তং
ঐবু নুংশি হায়রকউ,
হরাওনা পাউখুম পিজগে
ঐসু নুংশি হায়জগে।।

মরোল থোক্কুবা মীৎয়েংনা
ঙাওহল্লে ঐগী থম্মোয়,
খঙই ঐসু খঙই
নঙনা ঐবু নুংশিবা।।

নুপা ওইবা নঙনা
নমায় অদুক শোল্লগা,
করম্মা নুংশিবা ফংগনি,
থম্মোয় মৈশা লাংজহৌনি
পামজবা মানা চৎপ্রবদা।।

## নুংশিবী শক্তমদো তোয়না

নুংশিবী শক্তমদো তোয়না
উদুনতা লৈরে মংলান্দা,
নীংথিরবী নঙগী মায়থোংনি
ফুগাইনা শাৎলিবী গুলাপকুম ।।

থাজগুম কোয়রাওনবী মায়থোংদা
নোক্লিবী মীনোক্তুনি ঙাওরিবা,
হায়যু অশেংবা অমা হায়যু
পূক্লিংগী অরেপ্পা লৈপ্পবীরা ।।

ননাক্তা তোয়না লাক্লিবা
খঙলমগনি নঙসু করিগীনো,
মীনোক্লা থম্মোয়বু শুমহৎলগা
পাউখুমদি পিরমদা চৎখিবদি
করম্বা থম্মোয়নো নঙগী ।।

## মায়থোং মকা লাম্না

মায়থোং মকা লাম্না
মোমোন নোক্লা চৎলিবী,
হায়য়ু নঙবু শকহেম্বী
অরেপ্পা নুংশিবা লৈখ্রবীরা।।

উরুবা মীকুপ্তা নহাকসে
ঐগী মীৎয়েংফম ওইরুরে,
খোয়দারুরে থম্মোয়সিনা নঙবু
পুন্সিগী ওইগে খল্লুরে।।

অশেংবা অমা খঙদ্রিখৈ
ঐদি নতুং ইল্লকখিনি,
মীনোক্লা থম্মোয়বু শুমহৎলগা
তুমিন্না চৎখিবদি চুম্বরা।।

## নীংথিরবা মন্দিরদা ঙাম্থোয়রিবা

নীংথিরবা মন্দিরদা ঙাম্থোয়রিবা
হে খৃষ্ণ জগৎকী মপু,
হায়নৈনে নঙদি তাইবংদা
তাইবং মালেমগী মপুনি ।।

খৃত্তা বাঁসি পায়দুনা
তাইবং থম্মোয়বু শুমহৎলিবা,
তাকপিয়ু প্রভু ননাইশিংদা
অচুম্বা লম্বীদো চৎকদবা ।।

নঙগী ননাই ওইজগে
নঙগী সেবাদা লুপচগে,
পুন্সিগী খোংচৎনা লম্মুক্করবদা
লমজিংদুনা পুবীয়ু ননাইশিংবু।

## ঐগী নুংশিববু মীরায়দুনা

ঐগী নুংশিববু মীরায়দুনা
চৎলবোই নঙদি লৌনশ্বী,
খঙলম্লোই নঙদি করিসু
থম্মোয়নুংদা চাক্লিবা মৈচাক।।

লাঞ্জদ্রবা ঐগী ইফমদা
করিগী অদুক মীনম্লিবা,
লানখিবা করি লৈদুনা
পিরম্লিবা মৈচাক্লো ঐঙোন্দা।।

নমান্নবী কনাগী মফমদা
লিরুনুকো ঐগী ব্বারী,
নিংঙমদা লাক্কনি থম্মোয়দা
নীংশিংলুরগা অদুঙেগী ব্বারী।।

## চিংনবা অমদগী নঙনা

চিংনবা অমদগী নঙনা
ঋারৌদুনা অসুম লৈরবদি,
কায়নখিবা শোয়রোই নোংমদি
পুন্সিগী ওইনা ইবানি ।।

নঙগী থম্মোয়দুনা তশেংনা
চিংনবা অমা লৈরবা,
নোংমতং উনদুনা চমথোক্লসি
চিংনবা কয়া কোক্লবা ।।

খল্লুদে নোংমতসু ঋাখলদা
নহাক নত্তনা অতোপ্পা,
করি ঋাশক্লো শক্লগে
নঙগী থম্মোয়না থাজনবা ।।




লোইরবা